ইবোম্চা খুমনগী

# ꯃꯉꯂꯥꯛ ꯈ꯭ꯔꯕꯥ ꯊꯔꯥꯏ

# মঙলাকখ্রবা থরায়



# মঙ্গলাক্লুশ্রবা থম্বায়

খিরোম ইবোম্চা চুমন

থৌবিয়াম পব্লিশর্স
মঙ্গংলাংখিং
ইম্ফাল ৭৯৫১৪৬




**MANGLAKNAKHRABA THAWAI**

( A collection of poems in Manipuri )

by Th. Ibosana Khuman

ইবিবা চহি : ১৯৯৭-২০০৯ ইং

অহানবা থোঙবা : ২০০৯ ইং

অথোঙবা : প্রেমিয়ার পব্লিশর্স, ময়াংলাংজিং
মপাইমিং মিল রোড
পি.ও. লমশাং - ৭৯৫ ১৪৬

মংফম থোকপা : অহানবা

কোপী মশীং : ৫০০

মমল : ১৪৫/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

[illegible] : অকাশ কম্প্যুটরাইজ, পাওনা বাজার।

[illegible] : লাইরিক য়োনবা দুকান অমাম্বন।

[illegible] : অকাশ কম্প্যুটর, পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ১

নৈহৎপিরবা শুদৎপিরবা
খাংঙুথক্তা কেমত্রবা
তোম্ল- তারবশিংদা

ঐবু খোয়রাঙ খোয়শাওনহল্লিবা, ঐবু লৈতাহন্দ্রিবসি ইনিংবদু ইনিংতৌনা ইথোকপা ঙমদবা, হায়নিংবদু হায়বদা অপনবা লৈবা মসিননি। লৈবাকসিগী মীহাৎ মীপুন, মীশি মীনা, মীকপ মীরাওখোল থৌদোক-ৱাথোক ময়ামসিদগী ঐ তোঙান্না লৈবা পাম্মই। ঐ পাম্মই-ইংনা চিক্রা তুমিন্না লৈবা। ৱাসু ঙাংগন্দে। ঙাংসু ঙাংনিংদে। অদুবু করিগীনো খঙদে হৌজিক্তি ঙাংববু হৌগ্রবদি লোইশিনবা ঙমদ্রে। হায়নিংবা ঙাংনিংবা লোইবা নাইদে। পঙথোক্তা থোক্লকই। পেন্দবগী পেন্দবমক্তা, শাওনিংবগী শাওনিংবমক্তা করিগুম্বদা থিংবা ঙম্দনা কপ্লিংলকই। করিগুম্বদা পাঙ্গল থোকপা ঙমদবগী ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদ্না, অশাবা মুর্তিগুম লেঙদনা লৈরুই। হায়ফম তৌফম খঙদবা-ময়াম অমনা ঐগী কোকসি মখোয়গী য়াকাবুঙ ওল্লে। শি ওইরমাল্লে ঐগী শৈরেং হায়বদু। মসিনা ওইরমাল্লে ঐবু ইহল্লিবসি।

অতৈ মরম অমতা লৈতে। ইগে খন্না অমত্তা ইখিদে। কনানো অমনা ঐবু নমদুনা ইহনবনি। অদুনা ফজবা অমত্তা থোক্রুবনি। ইরিবসিসু কনানো অমনা ককপা মখৈ ককথৎখ্রবা, শোয়দৎপা মখৈ শোয়দৎখ্রগা লেমহৌখাক খবদুনি লাইরিকসিদা য়াওবিবসি।

মসিনা ঐ য়াম্না ইবদি নত্তে। শুকইবু ইদে। অইবা খরদুদি লোইনমক হাপচিনখ্রবনি। অইবা লৈতবদগী লাইরিকসি পিশক পিক্লবু পুথোখ্রবনি।

*ইম্ফাল* — *অইবা*

*তাং ২১/৬/২০০৯ ইং*

# মাওরিবশিং

**অশিবা অমগী মঙ**

ঙসিদি ঐ নীংতম্লে !
ফংলে -
মতম কয়াগী মমাঙদগী
ৱানা তাঞ্জবক্লবা নীংতম্বা।

অহিংদা পীবম্বা নীংতম্বা-
নঙনা-
ইনিং তম্লা তূমহল্লি ঐবু
কনানা হন্না যেংবিদ্রবা
হাঙলবা লমহাংসিদা।

"ইদু নিংথৌ নঙবু তাববা।"

ও! ঐ নিংথৌ ওইবে! নিংথৌ।

ঐবু ফমথোন থিন্দোকপগী
মীয়াম্না ফিঙৌ ফৌরে!
হৱাও- নুংঙাইবা ফোঙদোক্তুনা
ঐবু কৃদা হাপ্লগা
ফিরুক খুম্বী পরেংনা
মীরেল শঙদগী থাংদোকপিরে।

অদুদগী-
অচঙ লৈবাক্কী হোজং- হোজংদা,
অদুদগী-

অশি লৈবাক্কী থোঙ্গাল- থোঙ্গালদা,
ঐবু লেন্নরি-
মচা কায়নরবী মমাশিংনা।

অদুবু-
কল্লকপা মথি ফোংলকই
য়েক্লবা মচীন তুম্লকই
অচেংবা ঙাইনা লাং থাক্লকই
নোংমৈনা মীয়াম তানখায়রকই।

অদুবু -
ঐদি নীংঙাইদনা হিপ্লি-
কৃ অমগী মনুংদা-
অদুদগী পোৎলোইফমদা-
অদুদগী মোংফমদা।

**মার্চ ১৯,১৯৯৭ ইং**

## মমখিবনা ফরবা অঙানবা

মতম অমদা অমম্ববু
কয়াগী মতিক কিখিবা!
হৌজিক্তি-
ঐ কি!
তশেংনা ঐ কি!
অঙানবা নঙবু তশেংনা কি।

কি! তাবদা কি!
কি! উবদা কি!

অদুনা-
নঙ মমখো
অসুম মমখো
পূম্মম মমখো
পূমচিক চিকখো,
শুকউ উদনবা করিগুম্বা অমতা।

মল্লবতদা হিংখিনি
শোয়দনা হিংখিনি,

অদুনা-
নঙ মমখো
কিদনবা মমখো।

মার্চ ২৩, ১৯৯৭ ইং

## ঐ খক শিদোক্লোই

শিদোকপা!

ইমা লৈবাক্কীদমক শিদোকপা!

অসুক তোনবা!

অসুক তোনবা!

অসুক তোনবা ৱাখল-

হিংঙুবা নঙ!

হিংবা য়াদ্রবরা?

শিবা! শিবা! শিবা!

শিরগা করি কান্নবগে?

হিংখিনি ঐদি ইমা লৈবাক্কীদমক

হিংদবা য়াদে ইরৈবাক্কীদমক।

শিদোকপা হায়বসি-

খ্বাইদগী তোনবা জীবগী ৱাখলনি

পাঙদবশিংদগীসু হেন্না পাঙদবা,

খ্বায়দগী হেন্না পাঙদবা-

অদুক পাঙদবা থবকপু করিগী তৌরুনি?

হিংঙুনা নঙসু মীনি

নরৈবাক্কীদমক,

ঐ শিদোকপা য়াদে

ঐদি হিংদবা য়াদে ইরৈবাক্কীদমক,

অসুম্না খন্দ্রবা কোক্তুবু

করম্বা কোক্লো?

ঐ শিদোক্লগা ইমা হিংলোই,

মচা কায়নরবী মমানা পিবাং কংবা-

ঐ উদে, শুকউ উদে !

মমাদি মচা কায়নবগা কপচবনি

মচা উরগা মোমোন নোকচবনি

শিবসিবু উনববা?

উনবসিবু কায়নবরা?

এপ্রিল ২, ১৯৯৭ ইং

## শেন্দোংগী শদোং

লানগী কৈথেল ময়ায়দা
ইমানা য়োল্লি অশিবা মচাগী
শদোং মচেৎ মচেৎ।

মনতিক্লরি চরা অমগীদমক,
অদুগা
হল্লক্লি ইমানা-
পুমথরক্লবা শদোংনা
শেন্দোং ওইনা পুদুনা।

মসিরা নীংতম্বা?
মসিরা অওনবা?
মসিরা প্রজাগী শাসন?

মে ১১, ১৯৯৭ ইং

## খকখিদ্রবা পি

নখোয়দি চৎখ্রে
লান লোইরে,
কৈথেল খল্লে,
ব্লাকৎপিনবা লৈত্রে,
তাবিনবসু লৈত্রে!
অদুবু
খাংপোকশঙগী হনুবদি
ঙসিসু কপ্পি-
শক্তিবু লৈথোঙ ফাৎপগী
খৃদম চাংদম নীংশিংদুনা।

মে ১২, ১৯৯৭ ইং

## হিংনা হিংনা শিন্নবা

মমা নীংবা মচাশিংগী
ওমচাক্লবা মরক্তা-
তারক্লে ঙসিদি মীৎকী পি,
ইমা লৈবাক নঙগী নতম্পাক্তা।

অথিংবা ময়াম নমখায়দুনা
চেনশিল্লক্লে কল্লবা ঈচেলগুম
মায়কৈ খূদিংদগী
মফম পূম্বদগী
ঈখৌ-লাংবগী ফীরাঙ্গ পায়রদুনা।

অদুবু কদাই ইরৈবাক
নঙবু ননীং তমজরবরা?
ৱাহংসিগী পাউখুম
পীয়ুনে ইমা নঙনা !

পিদোন্না পোক্লকপা মপোক্নি
নুংহিক্লবা থম্মোয়সে অসুম নুংহিক্লনা
হনবা তারিবরা অমুক
নীংতম্বা মশক উদনা?
উরে ঙসিদি ইমীৎসিদা

কুম অমদনা-

ঈচাউনা

নমদুনা মরু কোকথোকপিখ্রবা,

কুম অমদনা-

ঈকংনা পূমতাক তাকহনখ্রবা

মবূক হাঙলবা লৌবূকলমহাং

চদৎ- চহুইনরবা-

চীং, পাৎ, তুরেল।

হৌজিক্না-

অমুক উরে

মীকুপ কাংদনা ইমীৎসিদা

য়েংহে উহৈদ্রবা

অশিবগী অশিবমক্তা,

অচঙবা কয়াবু লৈবমখিগদগে খন্না!

মসিগীদমক

ইরৈবাক নঙনা হিংববা?

মসিগীদমক

ইবৈবাক নঙনা তোমথিন্নববা?

নঙ লাইকুপ্তুগী লাইজাও ওল্লে

নমায় চাল্লে

নশক ওল্লে,

চৈ থাংবা মবক্তা
নতু- নমান ইপোন- পোন,
যেংহৈদ্রেদা ফিভমসে !

অদুবু থীখ্রবা মপোক হাযবদুনি
খঙনা খঙনা
উনা উনা
কবি খল্লি?
কবি যেংলি?
কবিনো ঐনা হাযগদবা?
মিহুন হাযবদুবু
হুল্লিববা ঐগী হকচাংদা?

মে ২০,১৯৯৭ ইং

**ঐ অসুম লূপশিল্লকি**

ঙরাংসু কাপ্লখি
ঙসিসু পোকখায়খি
হয়েংনা করি থোক্লগবা!

চিংথোক্লক্লবদি মথানুংগী মচাশিং
কনবা ঙমগদ্রা মৈরা পায়বী ইমাশিংনা?

মৈনমগী মৈরীগা
নোংমৈগী মরুগা
ইন্ন-কাওনবদু
অমুক য়েংবা তারিবরা,
য়েংহৈ-উহৈদ্রবা কয়া
উদুনতা লাক্লবা ইমীৎসিনা?

মচাশিংবু করিদা শোয়খিগদগে হায়না হাকন্নবদা
অহিং মীৎশেন খাঙবদা
চোকথরবী ইমাশিংনি খল্লুবদা,
তাখি মীৎকী পি মরি মরি।

অদুনা-
চোংথোক্লুনা হোৎচিন্নীংই
মাইয়োক্লনীংই
হাৎতোকনীংই

নুপা মচা ওইবগী
পাঙ্গল চাংয়েং তৌনীংই
পোকপগী লমল শিংনীংই।

অদুবু মঙদা চেনবগুমই।
কযাবক হন্নসু কন্না লাউখি
খঙহন্নিংনা ওইরিবা ওইবক্কদবা পূম্নমক
মীকপ থোক্লক্লবা তূম্লিবা পূক্লিং ব্রাখল
মশানা মশাবু খঙলক্লবা
তুংইন্নবা অমতা ওইনা।

অদুবু মঙদা লাউবগুম
কনামতনা তাবিখিদে!
ইশাসু লেঙই, কাওই, হাই- হূমই
অদুবু কনামতনা লেঙই হাযবকখিদে!

ঐ খঙই মসি তুহৎপিবনি
ঐ খঙই মসি নমহৎপিবনি
অচুম্বা নত্তে শুপ্নম শাসননি
অকনবা শক্তিনা যোৎশিন্নবা চিংশিনবনি
ঐনা খূৎপাযফম লৈতবনা
ঈবৈদা পায়বগা যাল্লুবনি
অদুনা, ঐ অসুম লুপশিল্লক্লি।

মে ২২, ১৯৯৭ ইং

**থব্রায়গীদমক**

ঙসিদি ঐখোয় পূন্নমক
ইখোঙনা থোংনা
অশিববু কোয়থি থিদুনা চৎলি
খুঙ্গংগী লম্বীদা
সহরগী লম্বীদা
পাম্মুজরবা থব্রায়সিবু
নুংশিনা কোনশিঞ্জরদুনা
থব্রায়গীদমক
থব্রায়বু পুরদুনা॥

মে ২৫, ১৯৯৭ ইং

## ব্রাশক

নত্তে মীৎকী কাজল
মীৎতগী চেম্বুরকপা ঈখেংনা
কংশিনখিবগী মচুনি।
নত্তে লাইবক্কী বিন্দী
আমিগী নোংমৈ গুলিনা
পানখিবগী দাকফম্নি।
নত্তে চীনবান ময়াগী শম্বু
সঙ্গীলনা থিনখিবগী অহোবা মখুলনি।
তমথিনা ওৎপিমনখিবনা
পূমচাই চাইরবা,
পুমথরবা হকচাং পোলাংনি
লম্বীদা মচেৎ মচেৎ তারিবসি!

মসি নওগী নচানি
মান্নি নচাগী হকচাং পোলাংনি
ব্রাখল চোইরবী ইমা।

শিবগীদি শিখিসনু
নোংমা শোয়দনা শিগদবা
মীওইপোক্কী মপোক্নি।

অদুবু নীংদি নীংঙমখিদ্রেদা ইমা
মীশি অসিগীদমক!
মীহাৎ অসিগীদমক!

অদুবু ইমা-
ঐ কপ্পি কপ্লোই!

ডিসেম্বর ৩০, ২০০২ইং

## জ্ঞান মাণ্ডবা

ঈগা নোংমৈগা অনীগী মরক্তা
মৈরী থোক্লা চাক্লি মৈনমনা!
অদুগা, হিকথরবা হকচাংশিংনা,
অহিং মীৎশেন খাঙলি
মচাগী কূ শঙদুনা।

তন্দনগুম কুফেৎ-কাফেৎ
লিক্লাগুম তনিক তনিক
চেল্লি নাৱাশিং
স্বর চেনগুম-চেনগাননা।

পোকখায়বগী খোঞ্জেল্লক্তা,
মিহুন শুদ্রি ঐগী থৱাযনা!
নীংশিংবা থোক্তবা ৱারীগুম
চঙক্লরি ঐগী ৱাখলনা।

অদুগা থৱায়না অমুক
লাংহিকমুক্তং চাউনা
চৎলি অশিবসিংগী মরক্তা,
মিহুন য়াওদ্রবা হকচাং পুদুনা।

ডিসেম্বর ৩০, ২০০২ ইং

## চমন্নবা

হে ! ঐগী নুংশিরবী
নঙগী থৱায় মিরেনগা
ঐগী থৱায় অচংবগা
অমতনি খনববু
অনীথোক্লা চিংখাইরেদো
অদুঙৈ লমখৈ কনবা হাকতক্তা।

অদুবু, ঐগী থৱায়না নঙগী নাক্তা-
নঙগী মিরেননা ঐগী কাদা
মীকুপ কাংদা কাইহৌররি
থাদোক্লবা ঙমদা,
কায়নবা ঙমদা-
মীৎকী পি পুরদুনা।

নঙ ঐ নুংশি চেজেৎনা
পায়নখিবা খূৎপায়দু
তমথিবা মীনোক লোয়নখিদে
অয়াকপা খোল তানখিদে।

অদুবু, ঙসিদি নঙনা
লানগী মপাউ তম্লরি,
ঐনা শান্তিগী মপাউ পুরকই,
অনীগী মরক্তা-
হামচৎনরবা থৱায়না
লৈখাই তাদনা লেপ্লি।

ডিসেম্বর ৩১, ২০০২ ইং

## অনৌবা পাউ

ঐগী ইরমদম নুংশিবী
ইমা লৈবাক মণিপুর
মরা তানা-
ইংনা তপ্না পাল্লি!

করিবু ৱানিংঙাই লৈবগে?
অখাঙ কনবী পল্লেমনি
চাদ্রবসু হিংলি
শেৎত্রবসু লেল্লি
সনা লৈবাক মণিপুব
ইংনা তপ্না পাল্লি !

ঈনা ইংগ্রী শিৎ
শরূনা মফেল চন
শকহেল্লবা আর্মি জৱাননা
মৈতৈ শীন্নাই শঙদা চঙ

নোংমৈনা পাঙনদেম ওই
শঙ্গিলনা লংচাক শক
মরুনা লংলা শা-
খোঙনা কাও,
খূৎনা কাপ,
মৈতৈ লৈবাক শাগৎলি।

অদুনা,
সনা লৈবাক মণিপুরদা
অশিবা মশীং ৱাৎতেদো,
থবক ফংদবা লৈতেদো,
মৈতৈ কুবু চনবদা
ঙম্নমক থবক ফংলিদো।

পলেম শকপী ইমাশিং
নিঙোল ওইবী খুদিংসু
অশিবগী কুবু শঙবদা
শিল্লম-শীন্থা ওইরিদো।

নুংঙাইনা পাল্লি সনা লৈবাক্কী সরকার
শেন্দোলনা ঙকশম য়ৌ
পীথোক্তবনা চরম ফুল
খা-রাই খণ্ডনা
মরা তপ্পা ইংনা পাল্লি
সনা লৈবাক মণিপুর!

নুংঙাইরিদা সনা লৈবাক
ৱাৎপা কৌবা লৈতেদো-
মৈতৈ পাখং উদ্রে
মৈতৈ লৈশা ঙাওচৎনরে
নুংঙাইরিদা সনা লৈবাক
ইমা লৈবাক মণিপুর!

**জনুৱারি ১, ২০০৩ ইং**

## চৎলো মণিপুর নঙ শিগ্রো

চৎলো মণিপুর নঙ শিগ্রো
হূ চাগেবা,
থৌবি যানগেবা,
আত্মাঘাট তৌগেরা ,
হৌজিক্তি নঙবু হাৎপিনবা কনাসু লৈত্রে।
নঙবু তুক্কচনা মতিন শিৎলবা মহাক্লফাও
নঙবু হাৎতোকপফাও তুক্কচরে।
শিগ্রো মণিপুব নঙ শিগ্রো!

মথংগী মপোক অমগীদমক,
নঙগী লাইবক লেপ্পবগীদমক,
মদুনা নঙবু শিংথানগনি মালেমদা।

নঙনা খঙদ্রবননি -
নফমদা লৈবিবা পূম্নমক -
হূই অশিবগী,
ষন অপুম্বগী
উচি অপৎপগী,
মনুংদা লৈবা হনগুম উবে মখোযনা।

মদুতা নত্তে
এইদস, কেন্সর শন্দোকপা মহিক্লুম
বি.পি ষ্ট্রোক, পেরালাইশিস তৌহনবা
অদুগুম উরে মখোয়না।
নঙবুনা লায়নাশিংসি পুবী
শকহেনবী নুজাগুম তিন-শিৎনরে।

শিদবু নঙনা শিদ্রগা
ঐনা করিগী হিংলুনি?
শিখ্রো মণিপুর নঙ শিখ্রো।

অদুবু ৱাহৈসিমদি হায়গে
মমাবু শিহন্নিংবা মচা লৈরিদ্রা?

এপ্রিল ৪, ২০০৬ ইং

## কৃদগী হৌগৎলকপা

নঙনদি লোৎলি কোম্লি খন্না
থবায়বু নুংশিজবনা হিংনিংবদগী,
অদুবু কোম নত্তে
কৃদনি নঙনা লোৎলিবদু।
অদুদি নঙবু হিংলি
কনানা হায়বিদৌরি?

ওন্থোক্লা বাখল থেল্লিদা
নঙবু অঙাং নৌবাদা নৌবাদুরা?

অদুদি লৈরোদনা অঙাংদা অঙাংগুম,
অদুসু নত্তনা করিগী
শিরমদাইদা করিগী হিংনিংলিবা?

অদুদি
লোৎলবদি লোৎলো
চেল্লবদি চেল্লো
নখূৎ শুকথাং থাঙ্গৎকনু।

হি-য়াই লাক্ক ওইসনু
শিদা পাউতাক লিশীং হায়সনু

কৃদগীবু হৌগৎলগা

হায়রক্লবা,

পীবক্লবা

কনানা লৌবিনি?

কনা লৈগনি তাবিনবা?

হিযাং অথৌবা ওল্লে হায়না

মীথিনজৈনা থিনবিবা উদ্রা ?

**এপ্রিল ৭,২০০৬ ইং**

## মায়চাম্বী নুজাগী মায়খোঙ

নত্তেনে শিদি
মায়চাম্বী নুজাগী মায়খোঙ
দাকফম্নিনে শিদি
নোংমৈনা কাপশিল্লম্বগী,
কোমনিনে শিদি
বোম্না পোকখায়রম্বগী,
খূরক হাঙদ্রবা দাকফমশিংসে।

নত্তেনে শিদি
হিকথরবা নুজাগী পূক্লিং,
হিকথরবা মায়খোঙশিংনি
ৱাখল মমি শান্নকপগী।

কয়া কয়ানো পাল্লমগদবা
কয়া কয়ানো শিরমগদবা
খূরক হাঙদ্রবা দাকফমশিংসিগী?

ফজবা কোটি কোটি মাঙখিবগী
নুংবংনবা কোটি কোটিনা
নুজাগী পূক্লিং হিকথরকপগুম
হিকথরম্লোইদ্রা তেংথারম্লোইদ্রা
ঙল্লমখিগদ্রা মৈচাক খাঙবা
খূরক হাঙদ্রবা দাকফমশিংসিগী?

শুদৎপিবা নৈহৎপিবতনা
কুম্বং শাববা থব়ায়শিংগী
নাহেফম, শদৌ থোংফম
ওইববা লমদমসিদা
তৌফম খঙদ্রবা লাক্ষ লাক্ষনা
কঙাওননা-
মাযকৈ খঙদনা ঙাওচৎনবে!

উবিদ্রোপ হাযবদু শিদগী হেল্লমখিগদ্রা?

অদুবু -
কৈদৌনি শিবা তাই
উপাই লৈতবদগী
শিবমদাইদা কপমিন্নবগুম।

এপ্রিল ৮,২০০৬ ইং

## মখোঙ পানবী মৈনম

উখিদবা কুইরে
বারুনি অহিংগী মৈনম পরেং
বারুনি চীংদা।

লৈরি মৈনমদি
মশিং থিঙমদ্রবা
বারুনি অহিং কয়া কয়াগী
লম্বী লম্বীদা, লমজাও লমজাওদা,
অদুবু বারুনি চীংদি য়ৌবা ঙমজদ্রে!

লৈরমগনি মসিগী
নুংগী ৱাহঙ্থোক কয়া কয়া
মতমদুগী নুংশি নুংওন ৱারী
ঙসিদি ঙম্লমক ওনখ্রে
শেৎন-খায়নবগী ৱারী।
মসি ওইরমাল্লে

অনৌবা তাংকক অমা,
অনৌবা ইতিহাস অমনা,
অরিবা ইতিহাস অমগী
মহুৎ মরেং শিনবা হায়বদু!

তাবিদ্রবা ৱাকৎকী চৈনাখোল
মচা কায়নরবী মমাশিংগী তেংথাখোল
মবুং মৌপ্পা কায়নবগী
মচে-মচলশিংগী মীকপ মীরাউখোল

নৌজবিবী কযানা
মপুবোইবা কায়না মৈশা লাংবগী
পিবুক নুংদা লৈবিবা মচাগী
ব্ৰাখলদা ফুম্বংনববী কযা কযানা
পূক্লিংদদি ভৈববীগী শক্তম লৌ
হিংচা যাইতম্বী ওন্দুনা
প্ৰোক প্ৰোক শাইদেক্লিং,
অদুবু পাঙ্গল থোক্লুবদি ঙমদা
মক মযাঙ কুম্লবা অমগুম
লেংলি লেংলি, মোল্লি মোল্লি
চৎলি মৈনমসিং
লেংঙম শাঙমদা,
চঙজফম লৈত্ৰবা অমগুম
লম্বী লম্বীদা লমজাও লমজাওদা
অমম্বা অহিং নমখায়দুনা
মল্লিবকপা মতমদগী
অমম অঙান শিন্নদ্রি- ফাওবা !

নোংমতা নত্তে নুমিৎ খূদিংগী
নুমিৎ খূদিংগীদা নত্তে
চহি কযা লিশাং শিৎনা।

ব্ৰাবল্লগনি ইমাশিং
ব্ৰাবল্লগনি ইচে-ইনেশিং,
লৈতাদেনে ব্ৰাখলসি
ইচলশিংনা কবম্না লৈরমগবা
মীবক্তা লৈবা শানা
শরাক তল্লমগদ্রা !

করিগুম্বদা-
খাংগুথক্তা কেমখিবা
শিঙমদনা শিখিবা
থব্বায়শিংদুনা উরম্বা থোক্লবা
য়েংদুনা লৈবা ঙম্নমগদ্রা?

খল্লুবদা ব্বাখল পূম্বা লম্মুক্লরে
থৌনা পূম্বা ফকচিনখ্রে
কদাইদনো ঐগী মৈনম মৈরাদো
কদাইদা চৎখ্রে বারুনি অহিং !
লৈবমগনি থাজদ্রে
থামম্বা অহিংগী মৈনম মৈরালক্তা
শাবী শানৌগী নুংশি নুংঙন ব্বাবীদো !

এপ্রিল ১৬,২০০৬ ইং

ঙসিদি চমজরবা মীয়াম অমা
পোকখায়রগদবা মীকুপ য়ৌরক্লবা
বোম মথক্তা নেৎ-নেত্তুনা চৎলে
মসি নত্তবা লম্বী অমা অমুক লৈত্রে।
লম্বী পূম্বা বোম্না লাং থাক্লে
অচুম অরান থিবগী মতম হেনখ্রমাল্লে
হৌজিক ৱাহং-পাউহংগী মতম নৎত্রমাল্লে,
পোকখায়বগী খোঞ্জেল নত্তুনা
অতৈ অমা তাদ্রে।

অতোপ্পা অমা হায়বা তারগনা
মীকপ মীরাউখোল, পেন্দবগী খোল্লাউ
অসি নত্তনা অতৈ অমা তাদ্রে।
অদুনা পোকখায়বগী খোঞ্জেলবু তাববা
বোম নৎত্রবসু অদুম শিনরে।
অদুনা থৱায় পূম্বা মণ্ডলাক্লরে।
অদুনা খংলাউ খংলাউ লাউবা
খংপ্রেক খংপ্রেক খংবা
থৱায় ময়াম অমনা
উনবা য়াদনা চৎনরে।
অমসু অমসু পংচেন্দা চৌন্নে
কনানা কনাবুসু তান্নদে,

অদুবু মাণ্ড থংবা থংবশিংনা
তুং থংবা থংবশিংদুনা
তান্নবক্লবোইতা খন্দুনা
মায়কৈ খণ্ডদা পংচেন্দা চৈন্নে।

অদুনা লৈহৌবি
চাক্লবা থবায মযাম অমা,
কাহৎলবা শব্দ পোলাং মবক্তা
মখোয়না থিবি
মায়কৈ শলাই খণ্ডনা।

এপ্রিল ১৯,২০০৬ ইং

## নোংদম্বা মপৈ

লাউ লাউ
নঙগীদমক পৈবি
অতিয়া পক্লা
মরোল-মবোল
লোইবা না'ইদনা-
ফম্বাল মপৈ
উংখৎনবা মপৈ
চাক্তাংবা মপৈ
নুপী লান মপৈ
মীতোপ মপৈ
অন্দলোন মপৈ
শেনজ'বা মপৈ
লৈবাক্কী ইরাং মপৈ
নোংমৈ মপৈ
কৃ মপৈ
মীকপ-মীবাউখোল মপৈ
নহারোল মপৈ
নীংবা কায়বা মপৈ
অরা-অনা মপৈ
ইজ্জৎ মাঙহনবা মপৈ
সরেন্দবি মপৈ

তোখায় তানিংবা মপৈ

লৈতবা মপৈ

থবক হাপ্পা ঙমদবা মপৈ

থবক ফংদবা মপৈ

শেল খোমজিনবা মপৈ

নমদুনা সবেন্দরী ওইহনবা মপৈ

শুদৎপিবা নৈহৎপিবা মপৈ-

মসি নঙগী লাইবক্তা তম্লকপা

নোংদম্বা মপৈনি

খন্দুনা লেল্লূ পূকচেল তপ্লী

নৈহৎপিবতনা নশকক্লি খন্দুনা

পেম্থোকপা তম্মু শকহেনবী।

মে ৮,২০০৬ ইং

## কংলা ঐগী কংলা

খুঙ্গং মচি মচিনি
কৈথেল পোৎফম মবক মবক্লি
ফিকুক খুম্বী মযাম্নি
খ্বাঙচেৎ মচি লাংবী কযানি
চিবোন চিবোন তুম্পক তুম্পক
ওনশিন ওনশিন
নাপ্পচিক্লা ঝা-তানৈ
চীম্থাং যৈনা পাউজেন্নৈ।।

থম্মোযনুংদা ওমচাক্লবকপা
হৌজ-থেংখাং য়াম্লক্লে
পাঙ্গল থোকপা ঙম্নখিদে
খা-চিক্কুনা খাঙখিবা
খূত্তুম শীংদুনা কপখিবা কযানি।

লাইফম চাম-নিপান্না থৌগল্লিবা
কংলা লাইফম্লেন
কবম্বা অমাইবা অমাইবীনা
কবি নুমিৎতা
কবম্বা পূংফমদা
থমায়থ্রবনো,
মাগী মহী-ময়াই চমথ্রমাল্লে
ঙম্না লূপখ্রে, ঙম্না চেনখ্রে।

কংলাদা হিয়াং অথৌবা থোক্লে
কৈথেল কায়বে

লৈপাক ইরাং হৌরে,
পাখঙবা মথি ফোংলে,
লৈপাক্কী অমাইবী
লাইপাউ চেল্লু য়াদরে।
অমাইবা ইরাৎ-চবাল থাউ য়াখিদ্রে।
অরোইবা পূংফম য়ৌরক্লে
ওম্নমক খূৎ থারে।

চিরক্লবা মতমদা
কৈথেল লাইরেম্বী থোক্লক্লে,
ইমা তরানিথোইদা তোংশিল্লি
লৈবাক্কী উশিন ওইদুনা
মুর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লুই।

ৱাখল লৈবা কনাগী
খূৎহৈবা কনানা শাবা মুর্ত্তিনো
ওম্পোক্লসু চংখোল্লিদা
সনা মীৎয়েং খূবাক খন
পায়মা খৈন' তূজুং-পোক
ৱাখল ফিরেপ হোংনা
থাজদনা
মৈতৈ খূৎতা শিন্নখি
তাবু নুংগী হী-য়াই কংলা।

মে ৮,২০০৬ ইং

## নোরোঙ্কী লৈবাক

হাৎপগী হালেংদবা লৈবাক
শারমচৎ চৎপা লৈবাক
চাকথুং-ফিথুংদবা লৈবাক
মীহাৎপূং ওল্লবা লৈবাক
মপু পান্দবা লৈবাক
শাসন লৈতবা লৈবাক
করাম চাউবা লৈবাক
কল্লক চাউবা লৈবাক
লমজা-শরাগী লৈবাক
পিতৎ-পাতৎপগী লৈবাক
মীথিবোং মীতম্বানগী লৈবাক
মীনাই-নাইথাংগী লৈবাক
চওৎতিগী লৈবাক
শিরো ! শিরো ! শিরো !
সনা লৈবাক হাযবদুবু,
শিবু সনা লৈবাকলো?
নুপী হাৎপা লৈবাক
পংহাৎতা হাৎপা লৈবাক
কনবিবা য়াওদবা লৈবাক
মীনুংশি লৈতবা লৈবাক
শরূ পোলাংগী লৈবাক

মৈতাল অশিবগী লৈবাক
অপং থৌনাদা
থব্বায় য়াউবা লৈবাক
থৌবেম তৌবা লৈবাক
থৌনাইদবা লৈবাক
লেমজা চাবা লৈবাক
মীপান তাংবা লৈবাক
নিবগা হিংবা লৈবাক
ভিক্ষা চৎপা লৈবাক
ইমুংদা চবা হেল্লগা
শুৎ-তাই তৌবা লৈবাক
ঙকচাউ থেকপা লৈবাক
অসুম তৌবিদবা ইপা ইপুশিংদুবু"

মে ১১, ২০০৬ ইং

## পাপ পুইন্য

পাপকী মথক্তা পাপ অমা
পাপকী পাপ মক্তা
পাপ তৌমন্দনা
পুইন্য ওল্লকপা শোয়দে!
পুইন্যগী মথক্তা পুইন্যদি কদাই?
শিরগা স্বর্গদা চৎকদ্রা?
শিরগা নোরোক্তা কুমগদ্রা?
তাবিবা উবিবা ময়ামসে
মসিনবু অসুম মতৌরবা
স্বর্গ,নোরোক্কী ৱানা কমদৌবা?
নোক্লীংলম্বা পূম্নমক
কপ্লীংলকপা ওল্লক্লে-
অদুনা পিসিনা সমুদ্রা ওনখিবা থোক্লবা
ঈরাক্লগদবসি কনানো?
পোকপদগী সমুদ্রা মশক খণ্ডজদ্রিবা
লৈকংদা চাউবা ইরোইবা হৈতবা
উরক্তা খুন্দাবা ঈশিং কিবা
নখোয়তনা শিরাপ তৌগদবা নৎত্রা?

মে ২০, ২০০৬ ইং

## শিদ্রিঙৈদা পোৎলোইবা

লাকইসিনা কদাইদনো?

চৎখ্রিসিনা কদোমদনো?

শিদ্রিঙৈদা শোরাৎ শোনবা

চুক শাবা

অহলদুগী শোরাৎ মফমদা নৎত্রো?

খবা লৈরগদি

ফিবোইগী বার্ত্তন অমুক লাক্লনি।

খঙদেনে খরা লৈরগদি

শিদ্রিঙৈদা পোৎলোইথোকপিরো

হায়বকপসু য়ারিকো!

মুন্না খন্নহৌবা চুমইকো

সি.এম. গী ইফিজি মৈ থাবদো

অহলদুদি

সি.এম. মশা হিংলিঙৈদা

পোৎলোইখিবা ওইনা লৌইকো!

মসি চেকশিলহৌবা ফৈ

নহারোল মখৈনা

অহলসিবু ইফিজি ওইনা উদুনা

অশেংবা মশাসি

লম্বী ময়াযদা পুথোক্লগা
তাল্লক যেংদুনা
মৈ থাদোক্লম্বসু কনানা খঙবা!

অদুম তৌবগদি
মতোমতা শিজবনি হাযদুনা,
ব্রাথোক চাউথোক্তনবা হাযদুনা,
নংত্রগা তেকশিন হঞ্জিদনবা হাযদুনা,
অমুকসু চুক শাগদ্রা?
অমাইবা কনাবু ইবাৎ পূজা তৌহনগনি?

জুন ২০, ২০০৬ ইং

## শক্লোন পুৰী

মথোং কারকপশিংগী থম্মোয়দা
নঙনা ইরাং তৌশিল্লি।
ইরাং লৈবশিংগী শিংলিদা
নঙনা চেনগুম-চেনগা শানৈ।
ঙাওই নঙসে মঙাও থীনা
লৈতাফম খঙদনা
তপথবা লৈতনা,
ঙাওই মখোয়সু
নঙগী শহুম ফংবদা,
মীকুপ্পুদা নঙনা
ইকায় ইকি ৱাংমা লান্না
মীমাঙ পুমাঙ খঙদনা
ইরাংগী জগোয় শাগৎলি।
হে দেবী,
হে তাইবং ঙম্বী!
নঙনা চন্দল পূজা তৌবতদা
অঙম্বা লিশীং লিশীংনা
নমাঙদা সনা খাউজাও খাউজাও লংশিন্দুনা
নখোঙ শোক্লা কোনখৎপি,
নঙনি ঐ খঙই
ওক্তবী হায়না তিনশিৎনবীদো।
নঙগী লমচৎতু তুক্কচৈ
নঙগী শাজৎতু য়েংনীংদে।
অদুবু-
ঐগী নুংশিবা মীৎয়েং অমদি

নঙোন্দা লৈ।
ৱাংত পাদবী কয়াগী
অৱাংপা লৈবা
কনানা খঙবীদবগুম
নঙগী খঙবিদবা ময়াম অমা
লৈবিনি নচীন্না হাযদোকপা ঙমজদবা,
অদুনবু নঙনা মী ওইনা ওইনা
মীনা তিনশিংনববা থবক্তু
নঙনা নথৌ ওইনা তৌবিবনি।
মীৎয়েংসিগা লোযননা
ঐগী নুংশিবা মীৎয়েং অমা
নঙোন্দা থম্মী।
মসি নত্তনা
অতৈ নবমচংতি
ঐনা তুক্কচৈ।

জুন ২৭, ২০০৬ ইং

## মতোমতা পোৎলোইজবা

কাং-খোং চাইরবা লৈবাক অমগী
অসুক নীংঙাইদবা প্রজা ময়াম
অদুগা অসুক তপথদবা অঙাং অমা
অদুগা অসুক শাথিবা লাম্মী ময়াম
নিংঙাই- মলাইদবা ময়ামসিগী
মোং-হাদবা থৌদোক কয়াসিনা
পেন্দবা শঙ্গু-শঙ্গু
য়ানিংদবা মপৈ-মপৈ
ব্রাকৎ চবুল-চবুল
পোক পোক পোকখায়রকই
হিংবগী মহাও য়াওদ্রবা পুন্সিশিংদা।

মতোল পৎ-পৎ থদৎলি
মরেক-মহাও থোক্লবা পুন্সিনা।
অনীগী লানবূংনি লৈবাকসি
চামা- মঙাগী লানফম নত্তে
মীকপখোলনা থল্লবা
তেংথাখোলনা নিল্লবা
লাইরবতনা মায়থিহৌরগদবা।

অদুনা-

হিংলুবগী মমল য়াওদ্রবা

অঙাংনা তপথবা ঙম্লক্কে।

মীয়ামগী পুক্সিগা

মাগী থৱায়গা মহুৎ শিন্নদুনা

মশা মতোমতা পোৎলোইজৈ ,

পেট্রোল হৈজিঞ্জদুনা

মশাগী মখুৎনা

মশাদা মৈ চুজদুনা।

**জুলাই ৫, ২০০৬ ইং**

## শীংনবা

ঈ মখৈ চেন্থখ্রে
তোংশা মখৈ লৈহৌরে।
ঈ মখৈ কংশিনখ্রে
তোংশা মখৈ পুমথরক্নে।

শাগৎলকপা ইরাংগী মৈশাগা
পুমথরক্লবা সমাজগী পুম্নমগা
তোৎশিন-য়ানশিন্নরবা মনমদা
মীকপ থোকহল্লে-
মমা ওইবীশিংগী থম্মোয়।

নুং-পান ওল্লবা মৈচাক্না
ঈ তাখ্রবা মীৎম্নাবু-
খুদুম চনখ্রবা লৈবাক অমগী,
নীংতম্বগী মথোংসু খণ্ডদা
মীখা পোনবগী মথোংসু খণ্ডদা
কায়নখ্রবা মচাশিংবু
মীপান তাংনা নীংশিংহল্লে।

কপ্পগী অরোইবা মীকুপ্তা
শীংনদুনা খা-চিকহল্লে,
মদুদগী ফুদোক্লকপা থৌনানা-
নাপ্পা চিক্না বাতানরি,
অখাক-অরাউ মরক্তা-
অশিবা অমগুম লেপ্তুনা।

জুলাই ৭, ২০০৬ ইং

## শান্তি ওঁ শান্তি

হে পৃক্লিং নঙ তপথৌ
হে থম্মোয নঙ ইংথৌ,
হৌজিক হিংচা যাইতম্বশিং
মবুক লাম্বনা ঙাওচৎনবি
ঈগী নিশাদা
মাযকৈ খঙদনা কোয়চেন-চেল্লি।
শক্তি পাযবশিং
মখোয়গী মাযকৈদা লেপ্লি,
অতোন-অতাশিংনা
মখোয়গী মখোঙ কোল্লি,
নঙ তপথৌ
ফিংগৎকনু
নঙ ঈগী মথক্তা
ঈ অমুক চেনবা পামগনু,
হৌজিক্তি ঈগী মথক্তা
ঈশিং চেলহল্লু
ঈশিং লোইনা ওনখিনবা,
অদুগা অমুক অনৌবা উপাইনা
উনগুম ফমজিনহনসি
পৃক্লিং ফাওবা ইং-ইং লাউননবা।

মতমদুদদি অশাবা নুংশিৎ শিৎলক্লবোই
মতমদুদা হিংবগী মহাও খঙলক্কনি
মতমদুদা অশাওবা অমুক লৈববোই,
হিংমিন্নবগী নুংশিনবা লাক্কনি
অশাওবনা ইকায় ফিকক খুম্নি।

সেপ্তেম্বর ২২, ২০০৬ ইং

## শম্নদবা

থব্রায়গা শিবগা
করি মরি লৈনৈ?
হিংদুনতা লৈরবা অমগা
শিদুনা লৈরবা অমগা
লমখাংদা উনবনি
লম্বীদা থেংনবনি
করিগুম্বদা চৎমিন্নরুবনি
লম্বী মতেক অমা,
মদুসু খঙনদবা অমগুম,
লমদল্লুবনি যূম অমদা
মনা পঙবা অমগা,
মরোল থোক্তবা অমগা।
অদুগা অমুক কায়নরকপনি
অমনা কদায়দা
অমনা কদোমদা
মফম খঙদনা।

সেপ্তেম্বর ২৩, ২০০৬ ইং

## দিমান্দ দিমান্দ

লৈবাকসিবু শাসন লৈরিবরা ?

ঐ খঙদে।

লৈবাকসিবু ব্বায়েন বিচার চৎথরিবরা?

ঐ খঙদে।

মীশি মীনা, মীহাৎ মীপুন, মীওৎ মীনৈ

অসুক তোয়রবা-

হাৎনিংবনা পংহাৎতা হাৎলবা

অসিদবু শাসন তৌরি-

ব্বায়েন বিচার চৎথরি

করম্না হায়কনি?

ঐনা খঙবা অমদি লৈ-

বন্দ, ব্লোকেড, জেনেবেল ষ্ট্রাইক, ধবনা

মসিমদি ওখাক মমিং চৎলে

পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদগী

খ্বাইদগী মাঙজিন থানা চৎলি

মসিমদি ব্বার্ল্ড বেকোর্ডতা গিনিস বুক্তা

য়াওরকপসু ময়ারে।

কৈদৌবগে ঐখোয়সু নোংমতংদি

মীকুপ অমতা ওইরবসু কাইথোক্লগা

মীতিনলা, মীফম্না, খন্ন নৈনবরা

করিনো অমতং তৌরগা-
নুমিৎ তরেৎনিসিগী মনুংদা
নুমিৎ অমতংদি
খবরসি শিবগী পাউ য়াওদবা
খবর ওইহনসি।

হন্দক্তি অনৌবা ওইনা
অমসু য়াওরক্লে
বোম থনম্বগী, বোম লংশিল্লম্বগী, দিমান্দগী
ঙারি য়োনবা দুকান্দ ফাওবা
থোঙ লোনবা যাওশিনখ্রে।
অইবশিংসু
ইবা লেপ্পবা, ফোঙবা লেপ্পবা
অমা খন্নহৌদ্রবদি
দিমান্দ লাকপনা হাঞ্জিল্লক্লুনা
ইচোপ চোপ্পনিকো।

মে ২৭, ২০০৯ ইং

## করিগী গর্ভপাত তৌবিদ্রি

ইমা! ঐ লমদমসিদা পোকপিনু !
ঐ মফমসিদা পোকপা য়াম্লা কি
পোকপগা নোংমৈ মরুনা শোয়দনা পানগনি !

অদুগা ইমা নঙ
লমদমসিদা অসুম লৈরবা
ঐ নঙগী পূক্লুংদা লৈবসু য়াম্লা কি,
মপান থোকপা !
মদুনা অমুক্কা হেন্না কি ঐ!

পূক্লুংদা লৈরিঙৈদসু
নোংমৈ মরুনা শোয়দনা পানবা য়াই !
অদুম তৌরগদি নঙ ঐ
নোংমৈ মরু অমতদা শিগনি,
মদুনা অমুক্কা হেন্না কি ঐ-
ইমাবু ঐনা হাৎপা শোয়দনা তাগনি!

ইমা! নঙ লমদমসিগী ৱারী তাগনু!
ঐ নঙগী পূক্লুংদা লৈবা য়াম্লা ৱাই!
ইমা ! নঙ খবর পাগনু!
ঐ নঙগী পূক্লুংদা লৈবা য়াম্লা কি!

ইমা! নঙ লমদমসিদা
অসুম লৈগদবা লৈরবদি
ঐবু মরু হেক হুনবা মীকুপ্পুদা
করিগী গর্ভপাত তৌবিদ্রি।

মে ২৯,২০০৯ ইং

**লাইবক ফবা অমা**

ওষ্থোক্লা নুংঙাইনা তুমইদা
শ্বর ফাওবা হোন্দবমখৈ
তুমফম ইরে লৈতবদৌনা
মোর্কসিদা, কয়া নীংঙাইদনা।

হয়িং ব্রা- ব্রা ইনবমখৈ
পুম্নমা শরা শল
হন লোক- লোক চংবমখৈ
ঈহং- নাইহং শাবমখৈ
পৎ- পুমলদুনা তুন্নিবোইরে।

মতমসিগী লাইবক ফবা অমতং হাযবগদি
নং নৎতনা কনা লৈ?
পৎ- পুন্নফাওবা
নংগী শক উনবি
মীয়াম্না য়েংবা লাক্লরি
নংগী মপোকসে কয়াদা ফগ্রবা!
অচৌ- অশাং শঙ্গ তৌরম্মি।

নঙগী হায়বদা কনামতা চোংথোকপিবক্রুবসু
অনেকপা মীনা পোৎলোইদৌববসু
মোকিতা ননিংতৌনা লৈবা ফংজরিবসি
নরাইবক্তা থম্বাল শাৎলবনি নঙ।

তরাইবা থবক নত্তেনে!
মমা মপা মচিল মনাও

পৃ- পাণ্ড শুনা লৈবা
শাগৈ- জাৎ ফগ্রবা
খুংকন পাঙ্গলগ্রবা কয়াদি
মফম খণ্ডদনা খোঙ্গুল মুৎখিবা কয়ানি
থিবা খণ্ডদনা মাঙখিবা
থিনা থিনা থিবা ফংদবা
কয়া অমা লৈগ্রবনি।

অদুবু নণ্ডদি শিরে খণ্ডবতা নত্তনা
পৎ- পুন্নবসু নশক্তি উবা ফংনরিদনা
মসিমুক নরাইবক ফবা লৈত্রবনি।
নঙোন্দা য়াইফ পাওজেল পীজরি
নীংঙাইদনা তুমখুল তাল্লু।
মিকপ অমুক থোক্লনু।।

**আগষ্ট ৪,২০০৯ ইং**

ৱা অমত্তং

হে থৱায় অশিবা নও
অহিংশিমদি য়ারেকখো
ঐগী লাইর খাওপোকশংসিদা
নমিৎ পেন্না অমুক্তং য়েংলমখো
ঐগী পৃক্সি মরেলসে
অদুগা তন্না হনখো
কনা উদ্রিঔে নোংঙালদ্রিঔেদা !

ননিং থুওলোই ঐ খওই
নোক্লবিনি অউবা কনানা
নংগী ৱাখল লৈতারোই
মচেক্লা য়ৈবা ৱাঙাংনা
ঐবু ইকায়বা পীরম্মি
মদু পুম্বা ঐ লোয়না খওই।

অদুবু লাইরবা ঐগী ইরমদম
অতোন- অতা লাইর-অনংগী
শৈদাংফম ওইরবা লৈবাকসি
কনানো অমনা কদায়দনো অমা
শীন্নরম্ন মাল্লে
ইনিং তৌবা ঙমজদ্রে!

মসিগীদমক খনবদা চরম কংলে
লৈরিবা মীপুম খুদিংসু চমন্নরে
মথা শারবা তাল্লকসিদা
অহিংবশিংগা ৱারী শানবা

ঐগী পাঙ্গল লৈতে।
অদুনা ঐগী অৱাবা ৱারীসি
অশিবা নঙোন্দা নত্তনা
কনাদসু লিফম লৈতে।

ঐনা হায়নিংবা অমতংদি
নঙনা হয়েং পোক্লকপদা
ননিং তম্না পোক্লকউকো
মীপান তাংনা লাক্কনু
অনম- অহা চুগনি
বুধি লৌশিং থোক্লোয়।।

আগষ্ট ৪,২০০৯ ইং

## লান চৎশি ঐখোয়

ফানিংবা মতমদা ফারসনু
কাপ্পিংবা মতমদা কাপ্লসনু
হাৎনিংবা মতমদা হাৎলসনু
মখোয়গী বলিগী হামেংনি
খল্লগা নুংঙাইনা তুমসি
অদুগা কিদি কিগুমসি !!

হাৎপদা মীনুংশি পোক্তবা মখোয়দা
শিরবা তুংদা লাওবা কান্নখিগদ্রা?
ব্রানবনি লাওগুমসি
নুংঙাইশি হায়রগা কপথোকসি
লানজাউ অমগী শেম- শাদবা য়াদ্রি
লাল্লোঙ অমা শিন্দবা য়াদ্রি !!

মরৌ লৈনা ব্রাঙাং হৈয়ু
মিৎলৈ নারৈ ঈঙ্গিত খঙউ
তুমদ্রবসু তুমশিন্নৌ
উদ্রবসু উশিন্নৌ
তরায়- তরায় খনগনু
খোংথাঙ শোইবা য়াদ্রে
লান্নি ঐখোয়না চৎলিবসি
লানফিদি শেৎপা য়াদে !!

অরুবা তানফম কয়া ব্রাংলি
মায়োক্লদ্রিবা য়াদ্রিবনি
তৌরিবসিদি চাংয়েংসুনি অহৌবসুনি ।।

মচি মরুমদা লোৎকনু
লম্বী লমজাওদা লোৎলু
অচিকপদা চৎকনু
মীয়াম মরক্তা চংশিল্লু।
বল্লিগী হামেং ওইরসু
নাপি থৎতুনা চাগনু
লান্নি ঐখোয়না চৎলিবসি
লানফিদি শেৎপা য়াদে।

খোঙফম অমা শোয়বদা
লৈবাক কায়গদৌরিবনি।
খোঙফম অমা শোয়বদা
উৎ ওনগদৌরিবনি।
খোঙফম অমা শোয়বদা
ফুরুপ অমা মুৎকদৌরিবনি।
লান্নি ঐখোয়না চৎলিবসি
লানফিদি শেৎপা য়াদে।।

আগষ্ট ৫,২০০৯ ইং

## অশিবগী মীকম

লাইরৈপাক্কি হায়বদু সি ওইরেকো !
লাইগী মচানি হায়বদু সুম তৌবোইরে !

শা শন ফাওবা লম্বী লমজাও
লমহাঙ- তুমহাঙদা তূ- তাদুনা
শিদুনা লৈবা থেংনদ্রবা মতমসিদা
মী অশিবনা লম্বী লমজাও
লমহাঙ তুহাঙদা তাদুনা
পৎ- পুমদুনা লৈবিবা !

লম্বী লমজাও লমহাঙ তুমহাঙদি
থম্মু থমখিসি
মোর্কতা পৎ- পুমদুনা লৈরিবা
ময়ামসি লাইগী মচাশিংদুনিকো !

খবরদা, রেডিও, টি.ভিদা
হন্না হন্না লাওব ফাওবদা
নঙগীনি হায়বা কনা চোংথোকপিবক্তবা
মমৈদা অনেকপা মীনা পোৎলোইবিববা
সি ওইরেকো লাইগী মচা হায়বদু !

চুমইনা !
মমা মপা মচিল মনাও
মরী মতা খঙন- চান্নবা
কনাবু লৈফম থোকপগে
লাইগী মচাদি লাইগী মচানিদনা !

ও! অসুম তৌবোইরে
লাইগী মচা হায়বদো !

অদুদি
লাইরৈপাক্লি হায়নবা লমদমসিদা
লাইগী মচা হাৎপা
লাইগী মচা অমসু লৈরবরা?
নৎত্রগা মীহাৎপা মচাশিংদুনা
লাইগী মচাসু হাৎলক্লবরা?
অদুদি মীহাৎপা মচাশিংদুনা লৈবা
মীহাৎ লৈবাক হায়বদু ওইরেদনা !
অদুদি -
মীহাৎপুণ্ড ওইবা মশানা তারেদনা !
অদুনবু হাৎলকপনি হাৎলসনু কৈদৌগে !

হাৎনিংঙাই লৈরক্তবা
নোংমা শোয়দনা ওইরক্লোইদ্রা?
মতমদুদা মখোয় মশেল অমুক য়াম্বুৎনজনি।

মতমদুদা -
অশিবা ঐখোয়না ভাবোক ওইসি।
অদু ফাওবদি শিরবনিনা
অশিবা ঐখোয়গী হক ওইফম থোকইনা।।

সেপ্তেম্বর ৮, ২০০৯ ইং

**ফল তাদ্রবা অঙ্ক**

লৌরাক অমা য়োম্ভোক্লগা
বৃন্দাবন চৎপা
শরেঙ অমগা
শঙম অমগা শীন্নথোকপা
অদুগুম্বা ইথৌদুগী
লাইওইশ্রবা ময়ামদুগী
ঐনা তর্পন কৎপদা
ইথৌদুগী শকক তমগদ্রা?

মসিগী অশেঙবা অমা
খঙবা পামই ঐ
লৈবাক্কী অঙম অথৌদা ব্রাকৎকদ্রা
কোটকী মতেং লৌগদ্রা
জে.এ.সিদা তানগদ্রা
অপুনবা লুপ্তা হংগদ্রা ?

মসিগী দাইতা লৌবিগদবসি কনানো
ঐগীদি অশেঙবা অমা খঙবা পামই
মসিগীসু ঐ হৌজিক
থবনা ফম্বা তাবিববা?
নৎত্রগা বন্দ ব্লোকেট
জেনেরেল ষ্ট্রাইক তৌবনা চুন্নিববা?

লুরিবদি চংশিনগদবা খোঙজংসি
কনাগী মায়োক্তনো?

ইথৌদুগী মফমদরা
অদু ইথৌদি লাই ওইখ্রে।
লৌ ফংহৌরিবদুদা তৌরুরো
মরম চাদে হায়রক্লোয়দ্রা?
অদুদি কনাগী মায়োক্তা চংশিনগদগে?
অদু অশেঙবা অমদি খঙনীংই।

তর্পন কৎপদা ইথৌদুগী শরুক
তমগদ্রা তম্লোইদ্রা
অশেঙবা অমদি খঙনিংই।

সেপ্তেম্বর ৯, ২০০৯ ইং

## ঋাংমা লাল্লকপা

হৌজিক লান খাম্বগী মতম হেনথ্রমাল্লে
খামল খামলগা অহোয়নদুম কনখৎলক্লে
পীক্লিবা অঙাং ফাওবনা
কমান্দোদা খুদোম্বী থিল্লক্লে
ঋাখল লৈতাদ্রবা ময়াম্না
মতীঙ শোক্লা খুৎতুম শীংলক্লে
থাজদ্রে, থাজবগী ঋাংমদা লৈথ্রে।

থৱায় মাংগে মাংথ্রসনু
মখোয়না হাৎকে হাৎথ্রসনু
হায়না মতীঙ শোক্লা চোংথোক্লক্লে।

লানগী মতম লাক্লমাল্লে
মীয়াম হুপ্পা চোঙথোক্লক্লে।

মাঙলে-মাঙলে লৈবাক মচাশা
করি মতৌ কৌবগে
উৎ ওনবা তারে
শাগৈ মুৎপা শোয়দ্রে
কনা কনা লৈবগে
লৈবাক কাঙ-খোঙ চাইবা তারে
লান খাম্মু লান !

ও! খাম্বীবগী মহুৎতা
অহোয়নদুম তোঙশিল্লবা!

সেপ্তেম্বর ২২, ২০০৯ ইং

## মিংয়েং অমা

ঈ কারবা মমিংসিনা
শুক্তোকতুনা য়েংলি
হিংচা-য়াইতম্বগুম
মীনুংশি মচেৎ অমতা য়াওদনা।
নোংমৈ চিন্দোন্না
মীয়ামদা ওনশিন্দুনা
কাপকদবগী ট্রিগর চিংশিল্লক্লি।

খোয়শাওনরবা মীয়াম্মা
পাখৎতুনা চেনগরা হায়রগা
অহোয়নদুম হোৎচিল্লক্লি।

মসি ফাগী নত্তে,
মসি তৌশিন্নবা নত্তে।
মসি শান্নবা নত্তে।

মীয়াম খাণ্ডবা ঙম্বগী
পনখৈ লাল্লক্লমাল্লে
শিবা কিনবক্তে।
লাওরি মথম্মোয়দনা
অরোয়বা খোল্লাওনা
মচিন্দনা থক খা চিক্লা
অকি-অখণ্ড লৈতনা হোৎচিল্লক্লি।

থবায় থারবসু থাদোক্লগে
শিরবসু শিখ্রসনু
মখোয়না হাৎলে হাৎখ্রসনু !

মখোয়না করিগী অসুক শথিরকপনো?
মখোয়না করিগী অসুক মতীঙ শোক্লকপনো?
অসি ফাওবা খঙ্ছবিবা কনা য়াওদ্রবা?
লৈবাকসিবু লৈবাক্লা?
লমদমসিবু লমদল্লা?
মসিবু মীওইবগী লৈফল্লা?

মসি পুন্নমক শাশিন্নবা মীহাৎতুগীনি।
মসি পুন্নমক মবম চাদবা মীশিদুগীনি।

খঙশিন-উশিন্নদবনা কান্নবোই
তাশিন্নদবনা ওইজবা ফংলোই

মচা হাৎখ্রে
মবুঙ-মোপ্পা হাৎখ্রে
মপুবোইবা হাৎখ্রে
কয়া অমনা ওৎপি নৈবিখ্রে
মসিগী মৈচাক্তুনি ঙসি মৈহৌবক্লিবা
লৈবাক শিন থুঙনা মৈরায়বক্লিবা !

হিংবগী মমল য়াওদ্রবা পুন্সি অমগীদমক
কনানা হিংনিংগদৌবি মীকুপ অমা?
অঙম তান্নবখক্কী নত্তে
অচুম্বা অমগীদমক
অশেঙবা খঙদোক্লবা
মীয়ামগী ইহৌনা কোনশিল্লক্লি।

ওক্তোবর ২,২০০৯ ইং

## হল্লো! হল্লো !

হল্লো ! হল্লো !
হল্লো গ্রীন মন্ত্রী গুড ইভিনিং

পুমশং শংবা সহরদুবু
কদায়দা থমখ্রগে হংজবনে!
ময়াম্না পেপরদা হাপ্পু হায়দুনা
কমপ্লেন্ট য়াম্না লাকপা
অদুদা মন্ত্রীগী ব়া অমতং তাজনিংদুনা

গ্রীন সিটিবা?
দেজার্ট সিটিরা হংনবকপা?

হোয় ! হোয !
অদু উ পাম্বী থাখ্রগা
সনাবৈ পাম্বী ওইনা হৌরমাল্লে।

অমবু হৌরবদি ফরবনি হায়বা?
য়াইনে ! গ্রীন সিটিরা
ফেক এনকাউন্টর সিটিরা
হংনরকপসু য়াওবা

অদু ঐগী সজেসন অমতং
ফেক এনকাউন্টর সিটিসি
ফ্রু এনকাউন্টর সিটিদা
অপ গ্রেট তৌরবদি

নাখোঙ শাবা খরা ফরোইদ্রা?
পাসেন্টেজসু চাউনা ককপা য়ানি
পাসেন্টেজ মন্ত্রীসু ওইবিরিবনিনা
অদোমদি অপগ্রেড মন্ত্রীসু ওইরিদাইনে !
ত্রানসফাব মন্ত্রীসু ওইরে তাজে
প্রোফিলিও মন্ত্রীদি অদুম ওইবিরিদনা
হোমগা ফাইনান্সকসু
অদুম পায়বি হায়বিবা?
সি এম থাদোক্লবসু
হোমগা ফাইনান্সকদি
সুকথা থাদোক্লোই হায়বা?
যাম্না নুংঙাইজে !
অদু দাউন গ্রেট মন্ত্রীদুদি থাদোকপনা ফবোইদ্রা?
মদু পাসেন্টেজ ফংগদবা মান্দে।

মদুনা হেন্না নুংঙাইখ্রে !
ফৈ ! ডাও য়াবা ওইহনবিসনু !
অদু সাব !
মীয়াম্না ব্রিদো ডিপার্টমেন্ট
অমা হাঙগদবনি হায়বা
অকনবা প্রেসব অমসু লাক্লি
অদু ব্রিদো মন্ত্রীদুদংগা পাযশিনবিববদি -

মদুবু কান্নগদ্রা হাযবিবা?

কৈনোনে সাব !
হৌজিক লুপ্রাবী ওইবিবীশিংসি

চহি নৌরিবী ঙাক্তনি
লুহোঙবা চহি ফাদ্রিবী
ময়াম অমা য়াওরি !
কদায়দগী লুখ্রাবীনো হায়বিবা !

কৈনোনে সার !
হোম পায়বিরগা অদুফাও খণ্ডবিদ্রবা !
ফেক এনকাউন্টরদা
নুপা ময়াম অমা হাৎপিখ্রদুদি।
অদুতা নত্তনা
মশা ৱায় শংদবী ফাও য়াওখ্রে।

ওক্তোবর ৬, ২০০৯ ইং

**শক্তম মাঙথ্রবা ফুরুপ**

অদুগৈগী নিশা বন্দ
মচিন চৎত্রবা ওফিসারগুম্লে।
হৌজিক্কী মৈরা পাইবীশিং
অওন-অওন চাবী ওল্লক্লে।
নারোলদগী হুমজিল্লকপা শাফুনা
সাসন তৌবা সরকারগা পাঙখক ওইরে।
মশাগী ফিরেপ লৈরক্লে
অঙাংনা করেম্লফম ওল্লে।
নিশা চাবশিংগী
নিশা শান্নফম ওইরে।

মরকশিদা খুরক্কী ঈনা
লাই শাবা খরনা
মখোয়গী থোইনশিন্দা
অচুম্বা লম্বীদগী নাথৈরক্লে।
মশাগী শক্তম মাঙথ্রবা
ফুরুপ অমগা পাঙখক ওইরে।

অদুবু চেল্লি চোঙলি খরদি
মশাগী ওইজবা থিদুনা
লৈবাক্কী ব্রা তুং-ওইনরগা
ইচঙ-থৌবী শাদুনা
ইমুংগী চরা তান্দুনা
অরোন অথুপকী ব্রানা
অতাক-অফোঙনরক্লে।

মসিনসু মরম অমনি
লৈবাক ইরাং থোক্লিবা
মীশি মীনা তোয়রিবা
নুপীগী ইজৎ খোঙগাউনরক্লিবা
মিৎয়েং কারন চল্লক্লিবা।

মসি পুন্না কাউথোকপা ঙমদবসি
ঐগী অশোনবা ওইরবসু
হায়নিংবগী অৱাংপা লৈত্রে
তম্লিংবগী অরোইবা নাইদে।

ৱারেম শুবনা খুৎলিঙবা
থৌরেম তৌবনা নাই ওইবা
ওইজ থিবনা লুচিংবা শাবা
লমদম অমতং হায়রবদি
সনা লৈবাকসু অমনি।

ওক্তোবর ৭,২০০৯ ইং

## দ্রুবাশা নঙ লাকপিয়ু

মৈতালগুম মুরবা থম্মোয়দগী
ঈগুম ঙাংলবা চিবান্দা
বোমগুম পোকখায়রকপা ঝাহৈনা
লাম্মৈগুম শন্দোক্লকপা পাউদা
শৈদাংলম্বা হলশিংনা
হয়িং ওন্দুনা পাইরক্লগা
চুগুমদা তোঙলগা
অমৃতনি খন্দুনা চুপলরি।
অদুগা
মশা নোয়বা মপুক থোনবা,
মরেক মহাও থোকপা,
শঙ্গ লৈবা শাদুনা
মপু খনবা শক্লিয়ে
অঙম অথৌ শারিয়ে
য়াইতোঙ-ফমদোঙ ওইরিয়ে।
মাগী চাদা নাওদাদি
মুকশন ঈনা পোকপনি
মুকশন শলাই কৌবনি
মরীল শেঙলোই
মরৌ লৈনি।

অদুনবু
দ্রুবাশা কৌ হায়রিবনি
দ্রুবাশা লাক্লি মখৈ
মানা শাপ তৌদ্রিবমখৈ

মুকশন মরীল শেঙলোই
মাগী নমথাক লোইরোই
মীয়ামগী অরাবা কোক্রোই।
অদুনা
দ্রুবাশা কৌ
হে ! দ্রুবাশা ।
নং অমুক্তং লেঙবিরকউ
নংনা শাপ অমুক্তং তৌবিয়ু
লৈবাকসিবু কাঙখোঙ চাইহল্লিবা নখোয়
লমদমসিবু মীশি মীনা থোকহল্লিবা নখোয়
ঙন্নমক উৎ ওল্লো হায়না
শাপ অমুক্তং তৌবিয়ু !
অদুগা নশাগী শক্তম ঙাক্লা
শান্তি ওইনা লৈজরো হায়না
বর অমতংগা পীবিরমউ।
মসি নত্তনদি উপায় অমা লৈররোই।

ওক্তোবর ৭,২০০৯ ইং

## ঙম্নমক শিন্নবরা

ঐনা তায়োম্নরবরা!
উরিবশিংসি নুপীশিংনি
তারিবশিংসি নুপী খোঞ্জেলনি
মীকপ মীরাওখোলসু নুপীগীনি।

অয়ুক নুংথিলগী ৱাকৎ মীফম
নুমিদাংগী মৈরা খোঙচৎ
পেন্দবগী খোল্লাও
মুক্নবগী মায়রোঙ য়াবা
ঙম্নমক নুপীগী নুপীমক্তা।

নুপা হায়দুবু ঙাওদুনা চৎখ্রবরা !
মচা মশু কাওথ্রবরা !
মৈশা লাঙবা য়াওদ্রবরা !

থৌদোক ৱাথোক্লা মীকুপ কাঙদ্রবা
অশি-অনানা খুরক হাঙদ্রবা
লৈবাক্কী ইরাংনা খম থেঙলবা
মতমশিদা
লমদমশিদা
নুপাগী খোল্লাও কদায়নো?

নোংমতা তাদে মখোয়গী খোল্লাও
নোংমতা উদে মখোয়গী মশক
নুপা হায়বদু লৈত্রবরা?
হায়বদি হায়নৈ

নোংমা কাঙদনা শিরিবশিংসি
নুপা কাঙলুপকী মীওইশিংদুনি।

মদুদা ঙম্না য়াওখ্রবরা?
চিংথ-নাম্থবা লৈহৌদ্রবরা ?
শিবা কিদুনা লোৎখ্রবরা ?
থৌদোক-ৱাথোকশিংসিদি
নুপাগী মথৌ নত্তবরা?

ৱাখল থেনবীনি হায়নরম্বা
থৌয়াম পুবী ওল্লক্লে
হীরম পুম্বা শোকচিল্লক্লে
হৈনবী শীনফম ওইশিনখ্রে
পোরম শীনবী ওল্লক্লে
মায়রোঙ য়াবা ঙল্লক্লে
মশেক-মঙাল নাইরক্লে।

ওক্তোবর ৮,২০০৯ ইং

## নীংশিংলকপা খল্লা

মৈরা পায়বী ময়ামদো
মুকথ্রুবী থোকপগুম থোক্লরকই
লৈবাক্কী ইরাং নেম্ননি খল্লুই
হঙোইনা মুকথ্রুবী ফাবগুম
কমান্দোনা তাপ তাপ ফাজিনখি।
মোব বোম, টিয়ার গ্যাস, রবর বুলেট
হঙোইনা মরৈ তিংথোকপগুম
শত শত কাপথোক্লকই
তপ তপ নপ্পি মৈরা পায়বীদা
খা-রাই খণ্ডদনা চেন্নে !
মশা তৎলবা মুকথ্রুবীনা
লৈকুত লৈরায়দা চৎপগুম
মৈরা পায়বী ময়ামদো
মফি মবোল মফম খণ্ডদনা
যুন্নক ফাওদুনা চেনশিনখি।

চোঙবা কনবা মীহুৎশিং
হোটেলগী প্লেটতা হাপ্পা হঙোইগুন্নে !
মপোপ শুংকায় কায়দে
হিংলিবোয় খন্দুনা
শি-শি তাল্লুই
শুকলেঙ লেঙদে
য়েংগে খন্দুনা থাঙ্গৎলুই
মচেৎ-মচেৎ কিন্থরকই।

এম এল এ ক্বাটরদা চংলুই
ঐখোয় এম এল এ দো
মন্ত্রী ওইবগ্নে
ব্রাখলদু ফনা নুংঙাইরুই
থবক মায় পাক্লনি খল্লুই।

চংশিল্লগা ব্রারী শারুই
মচিন শুংকাঙ কাঙলক্তে
ফিভম শুকহোঙ হোঙদে
হার্ট ফেল ওইরবোই খন্দুনা
মশা পায়গে তৌরুই।

হাইফেত লেঙলকই
শিবমক্তি শিরমদ্রি
শিবগা পাংখক্লি
মন্ত্রী ফমদো মমিংতগী ব্রানি
মথৌ পাঙবা ঙমদ্রে
মথা কায়রগা হল্লকই।
বি টি রোডতা ফাওজিল্লকই
ওভর ব্রিজ নাকন্দা
মখুৎ থাঙ্গৎপা পারেংদো
ওম্বোক্লা শাংনা লেপ্লমখ্রে
মরোল মরোল লোনবগুম উই
অঙাং ওইরিঙৈদা উখিবা
ঙাখা পাক্লমদু নীংশিংলকই

য়াইঙং লা মথক্তা
মমিৎ তরু-তরু পাঙলগা
মরোল মরোল ননশিন্নদুনা

কৃক-কৃক ইন্নবা লৈবদো
কয়াদি মানখ্রে মীয়ামদো।

ঙাখা মরক্তা য়াওরকপা
চোঙথোকহৌবা
চরুখোক মতুং ইনবা
ঙমু মচাদো
কয়াদি মাল্লুরে
ইবুংঙো কমান্দোশিংদো।

কাঙজৈবুঙদা হোইজিনখি
দম্বুরনা কুপ্লগা
নুংপাক্লা নল্লগা
হাৎখিদৌবা মাল্লকই।

খঙদেদা সরকারসে
অপায়বা খরনা পঙপায়দা পায়শিন
পায়দবা খরনা শুংপায় পায়দা

অদুবু হন্দক্তি শুকলেঙ লেঙদে
প্রজাগী ব্রাসু শুকতা তাদে
খোইরা অমদা ওন্বা
খোইরেনদু ঙাইরে
লৈতুম্না থারুরগা
ঙংদুনা পাইশিল্লকপদো
থেঙন-থেঙনবা পঙচিক্তা চিকপদো

ওক্তোবর ৯,২০০৯ ইং

# তৃষ্ণংশিবা

য়েংহৈ-উহৈদ্রবা থৌদোক ময়াম্না
পরেং লেঙলবা লৈবাক্লি
পুঙফুল ফুনজিল্লবা কোমনি।
স্বর ফুল্লবা ময়াম্না
লিংথোকফম থিদুনা
মখুৎ থিন্দুনা
মখোঙ কাউদুনা
হোগায়নবা হোৎনরি
মখুল অমতং হোরকপদা
স্বব ফুল্লবা ময়াম্না
কৃক-কৃক ইন্নলা
মখুল মপা তান্নদুনা
স্বর হোন্নবা মুন্নরি
ঙমজবী থাদুনা ইন্নরি।

মপাঙ্গল শোনবা কয়াদি
স্বর ফুন্দুনা শিদৌরে
হনু হনা কয়াসু
নেৎশিন্নদুনা শিবা য়াওনরে।
অউবা খরনা কুম্মৈগুম য়েংনরি
মমিৎ পেন্না য়েংলগা
মথস্মোয় পেন্না নোক্লি
মখোয় মশেল ইন্নরগা
ঙম্নমক শিখিবদু ঙাইরি।

ওক্তোবর ১০,২০০৯ ইং

## ৱাকৎ

ঐগী অশাবা মুর্ত্তি মপি তারক্লে !
মপুক্লিং নুংশিনা কপ্লক্লে !
ঐনা অদুক্কী মতিক মতম চংনা
ৱাবা খঙদনা হোৎনখিবা পুম্বা
অরেম্বা তারে ঙসিদি !

মরোল থোক্লবা মচিলনা
চৈরি ঐবু মচিল পেন্না
অদুগা অমুকসু কপ্লি
মনিং থুঙজদনা !

খঙই ঐ মানা কপ্লিবগী মরম
মাগী শক্তমদা অউবশিং ঙাওরি।
মীতাফম ওইরি মীপুম খুদিংনা।
শীংথাবগী লোইদে ফজবগীদমক।
য়েংবগী পেল্লক্লেবা মখুৎ-খুৎশাশিংদুনা
নান-নান্দুনা য়েংলগা
কয়াগী মতিক পেনজরিবা !

অদুবু মাবু য়েংজরগা পেঞ্জরিবা মখোয়দা
থাগৎচরি হায়বদি লাইরদনা
মচিল লেঙবা ঙমজদে,
মসি হৌনা খঙদবা মচৎনি
ইকায় ফিরুক খুমহনবিবনি
মসিগীদমক কয়াগী মতিক পেঞ্জদবা
হায়বগী লোইবা নাইবোই
করিগী অসুক চাকহনবিরি ?
ঐনা অসুম্না কপ্লগা

নঙগী করি অপেনবনো?
থাগৎচরি হায়বসি ঙমজরবদি
করিগী অসুক নীংঙমদবা পোক্লনি !

অদুবু হৌজিক্তি
নংনা মনা ফংবগী হরাওজবদু উবদা
ঐনা নঙোন্দা করি লঙজখিদুনা
ঐবু মোমোন নোকহনদ্রিবনো ?
ঐনা তৌবিমল খঙদবা ওইরগা
নংগী করি অপেনবনো !
করম্বা নীংবা কায়বা লৈবনা
নৎত্রগা ঐগীদমক্তি
মতিক চাদবা অমনি
হায়হনগে থৌরাংবরা?
নৎত্রগা
নংসু মপোক-মপোক খুদিংগী
নীংবা কায়বা ওইয়ু !
শাপ তৌরক্কনি খনবনরা ?

ওক্তোবর ১৫, ২০০৯ ইং

## ৱাখিসনু ৱাগদবা ৱাংলি

ৱাখিসনু লৈবাকসি ৱাখিসনু!
ৱাখিগদবা ৱাংলি
ৱাবা ফাওবা হৌরক্লি
প্রজা মৈ চুবা হৌদ্রি
তৌরিবসিদি ফাগীনি,
করেম কথাইনবনি।

করেম কথাইনরি
ফাগী তৌরি নোক্লরি
সরকার হৌজিক নাখোক্তুনা তুম্লি
হুইরোই খরা থাদোক্লগা
সন্ত্রি খরা থন্নগা
নাখোক্তুনা তুম্লি সরকার।

প্রজা মপুকচেল লেপত্রি
খায়বুণ্ড খায়বুণ্ড তৌরি
প্রজা অৱাবা মশক খণ্ডদ্রি
খরনা ৱাশিন্নৈ খরনা তৌশিন্নৈ
খরনা মহি মচুম্না মপুক থল্লি
মপু খল্লি মপুমক্লি খল্লি।

পুকচেল খোয়জেন তিন্নদ্রি
থোং মান্নদ্রি
নাকল নাম্মতমক য়েংলি
নাকল অমা উবা ফংদ্রি
ৱাখিসনু ৱাখিগদবা ৱাংলি।

হুইযাম্না ষনাও তান্নরি
ষনবীনা মচাগী হাকল চংলি
ষল্লুপ্না মঙক থাঙ্গৎলগা
তঙক তঙক যেংলি
সবকাবনা নাখোক্তুনা তুন্নি।

প্রজা, হুইযাম তান্নগদ্রা
প্রজা, কুম্ভকর্না হৌদোক্কদবা
হৌজিক জ্ঞান তাদ্রি
ৰাখিসনু ৰাখিগদবা ৰাংলি।

ওক্টোবব ২৩, ২০০৯ ইং

## ইম্ফাল কারুসি

ঙমজবী থাদুনা কেশিল্লু
মচুম তাবমখৈ তৈশিল্লু
অবৈবা লীক কোল
ঙম্না শীজিল্লু ঙম্না য়ানশিল্লু
ফিগে থোল্লু লৈমা থোল্লু
লৈবাক মাঙদা লেন্নগে
লেন্না-লেন্না পুজগে
ইম্ফাল সহব য়েংলুসি।

লম্বীদা মপৈ-মপৈ লৈবিসি
অমোৎ-অকায়, ফত্ত-হৌদি ময়ামদুনি
পাউনা বাজাবদা চৎলসু
থঙ্গাল বাজাবদা চৎলসু
বি টি বোদতা হাযগৎলসু
অমহাই-অমহানি
মপৈ মপৈ পৈবিসি
ফত্ত-হৌদি লুখাক চগুম
অমাঙ-অশোয ময়ামদুনি।
চৎলিবশিংসি মণিপুবী মচাশিংদুনি।

উবকখিগনি মথং মথং
ধর্ম্ম শলাদা লৈখোম লৈনাও
ফেমিলি ৱেলফেয়ারগী লম্বীদা
পাৎথি কোমথি, চেথি-চেগুম

খন্তোকখাক লঙথোখাক
গান্ধী এভেন্যুগী চমোৎ-চনৈনবা

খোয়াথোং ময়াগী থাওথি থাওরেক
গভর্নর রোদতা মোৎশিল্লিবা পৈশিল্লিবা
অপুম অশা অমোৎ অকায়
উবদা তীল হৌরবা ইরম-নালা
নাগা তুরেলগী থাওথি ওল্লবা ঈশিং
থাদরিবা ফত্ত-হৌদি
ঙম্লমক ইম্ফাল সহরনি
সনা লৈবাক্কী ময়োলনি।

অমাঙবা নেৎপা হঙ্গোয়রবা
অমোৎ অকাই মরক্তা চৎপা হৈনদ্রবা
হয়িং তোংবা চানিংদ্রবা
ময়াংগী চুহিং থক্লিংদ্রবা
ইম্ফাল সহব মশক খঙলোই
ঙমজবী থাদুনা কেশিল্লু
নকে শেমউ ইম্ফাল কারুসি।

মমল হেনবা পোৎ য়েংলুসি
কে জি ফাদবা ঙা লৈরুসি
কলেজা ফবা য়েংলুসি
ইজৎ চাউবা উনরুসি।

হেমলেট উপ্তবা ফাবা
ফাইল লৌবদা হালেঙদবা
লম্বীদা গাড়ী খামজিল্দুনা
মীয়াম চৎপদা অপনবা পীববুদি
মথৌ নত্তে খনবা
ট্রাফিক পুলিস য়েংলুসি
ওয়মক ইম্ফাল সহরনি
ওমজবী থাদুনা কেশিল্লু
কৈথেল কাকসি চাক্কৌবা হয়েংনি।

ওক্টোবর ২৩, ২০০৯ ইং



লৈরেমগনি মসিগী
নুংগী মাহুন্থোক কয়া কয়া
মতমদুগী নুংশি নুংওন মারী
ওসিদি ওয়্নমক ওনখ্রে
শেংন-খায়নবগী মারী।
মসি ওইরমাস্লে

অনৌবা তাংকক অমা,
অনৌবা ইতিহাস অমনা,
অরিবা ইতিহাস অমগী
মহুৎ মরেং শিনবা হায়রদু!

তাবিদ্রবা মাকংকী চৈনাখোল
মচা কায়নরবী মম্যাশিংগী তেংথ্রাখোল
মবুং মৌপ্পা কায়নবগী
মচে-মচলশিংগী মীকপ মীরাউখোল
নৌজরিবী কয়ানা
মপুরোইবা কায়েনা মৈথো লাংবগী
পিবুক নুংদা লৈরিবা মচাগী